# য়াওশঙ বাহং অহুম

অমসুং

## লাইল্লিক দোকান কোইজং



অইব : জিঃ সিঃ তোংব্রা

অফোংব : প্ৰেম, কুলজিৎ সিংহ
সেক্রেটরী সোসাইটি থিয়েটর মণিপুর।

কোপী মশিং : ১০০০




মমল : লুপা ২৮/১৮

ছাপা নম্ফম : ইউনিক স্ক্রীন এণ্ড ইম্পীরিয়েল প্রেস
কৈশামপাং, ইম্ফাল।

মরুপদ্ম অইবগী।

# রাহৈ থর রামাং য়ানবা

লাইব্রিকসি ইডুকেসন দিপার্টমেন্টন শেলগী তেংবাং খব াপাবত্থুম ফেংবগমজবনি। মতুদ নত্তুন, ফোংকবকান্দ লাইব্রিক মশীং ১০০ রোমস্থু লৈব্রিবন শেন মাং থর কুপথংপিবনি লেথকি।

জর্জ্জ ইলিয়ট : What do we live for if it is not to make life less difficult for each other?

পুন্সিসি নখোয় ঐখোয়গী, থর হিংবদ লায়ংন্নবগী নত্রবদি, কৈদৌনবগী হিংগদগে ?

লৈবাক্কি অরৈব লন-থুম, নখোয় ঐখোয় মযাম্, লোম্ন লোম্ন অঙম্ব য়েপ, থৈদোক চুবান্নববদি চাউথংকত্রা ? অমগীস্তু অমগীস্তু লোইনমক্কি অরা-অনং কোক্কমিন্নবথিসি, হোংনসি হায়বদ কনান য়াদে ?

বেরী ফাবর, Crime expands according to our willngness to put up with it.

আইন্ন য়াদব অরানব থবকসি স্থুম স্থুম পাকথোক্লকই ; ঐখোয়নং স্থুম স্থুম মখোয়দু থাংব হৈনবগী মতিক।

গঞ্জা, য়ু, কানী, ড্রগ, ওক্তব থবক জুরার শান্নব খঙদে লমচং অম্লোংপে খাইন য়ানদব খঙদে, মখোয়স্থু আইন কায়ব লমহেনব থবক্ হেক্সংলকপগুম, উশিন্নদ্রগ তাশিন্নদ্রগ থর থর কম লৌশিন, কমব চল্লগ হিপ্প চল্লি হায়নবগুম পাকথোক্কপ চুজিক চুজিক ঐখোয়ন উনরি। Iaw and ord r গী ফিভম চুজিক কমদেবি ?

Ibsen দগী "Where, O where, docs guilt begin

In our heritage of sin ?" All alike are trans gressors and guilt rooted in the words "We live". ( Brand )

কদায়দৈ, ওহ কদায়দৈ অবানব হৌবগে অহল্লমন্দৈ ফংজহৌব পাপ হায়বহুদা ? পূম্নমক মান্নন লম্লানব ভাক্তনি অতুগ মন্নান্দন "ঐখোয় হিংলি "হায়বহুদ মরা-তা য়াওরি।

কেথরীন হেপর্বন, "I never lose sight of the fact that just living is fun."

ঐ কৈদোংঙদ উদব ওময়ে মতুদি হিংব হায়সিমক্তবু নোক্নিংবা অমনি।

সুইদেনগী পাঙ্তরো : Worry often gives a small thing a big shadow লাংতক্লবন করিস্নু লৈতব পোং মচা অমবু মমি চাউন তাহল্লি।

হিংন লোনচং অকন অকন মুন্দূন চানব, might is right, অঙম্বন চুম্মি মতিক চাবন হিংজহৌব কা হায়ব Principle (নীতিহু) থাইন অর্পভ্য ওইরিডৈদগী হুজিক চাউখংলব Space age সিদমু কম্নি হোংব লৈবগে ?

লেখক।

# য়াওশঙ রাহং অহুম

## লাইরিক দোকান কোইজং

## লীলা মীকোক

১। হনুবা —১

২। অহল —১

৩। ,, —২

৪। পাখঙ —১

৫। ,, —২

৬। ,, —৩

৭। মৌ —১ ( চন্দ্রমুখী )

৮। ,, —২ ( তিলোতমা )

৯। লৈশাবী—১

১০। ,, —২

১১। ,, —৩ ( কবোকলৈ )

১২। অঙাং —১

১৩। ,, —২

১৪। মীচম —১

Gay music like "বিহরতি হরিরিহ fades out.

নহা ১ ঃ উঝ, লাক্লে, থিগৎনরগুমসি। ( থরন নোকপ থিংক )

হনুব ঃ নমস্তে য়াওশঙ মরুপ নহারোল—!

ময়াম ঃ নমস্তে উঝবু— ।

হন্মুব ঃ ঙসিদি য়াওশঙ মরমদ খর নৈনসি নখোয়বু মীতৈ য়াওশঙ কয়ারক য়াওরবগে ? উখি তাখি থেংনখিবদৈ খুম্নোকো ? মীতৈ যাওশঙবু করিনি হাযনীংই ?

মীচম ঃ মহাপ্রভুগি জন্মদিন নামাদ, হরাও তয়াম্ব, শেন মকোক ঙাওহনব, হেন্ন চেনচোং চামিন থকমিন্নবনি ।

হন্মুব ঃ অঙাং নংগিদি য়াওশঙ করিনো ?

অঙাং ১ চরোং, চরু, শঙ মৈ থাব, নাকংথেংব, আবের পিচকারী, হৈঙান শিংজু, নুংঙাংদ থাবল ঙাওব য়েংব ।

হন্মুব ঃ লৈশাবী নখোয়দি য়াওশঙ করিনো ?

লৈ ঃ খুন্নাইন খর থাদোকপি. শেংপ-চাব, ঙাংনীং-ঙংনীং-শক্লীং চোংনীংদ নীংখাতম্ব খর হেন্ন ফংব মতম ।

হন্মুব ঃ পাংথঙ নখোয়দি—যাওশঙগি লৈশাবী কিহুন চেনব্রাও ?

পাখঙ ১ উঝাবু ঐখোয়দি শেল থোক্তবনিনা চেঞ্জদে—মপান থোকচদব ! (খুবাক)

পাখং ২ এন খঞ্জবদি উকাবু মহাভারত্ত দুঃশাসন্ন দ্রৌপদী ফি মুনখিবগি লমন, লৈশাবী মৌন অজকাল নিপাদ• শিংবনি ।' (খুবাক)

অঙাং ২ ইধৌ, য়াওশঙদি পুক খর হরাওহরগ মাই রাওব-ফি চুবনি । (খুবাক )

হন্মুব ঃ অহলশিংদি করি ওইন উবিবগে য়াওশঙবো ?

অহল ১ অহল ঐখোয়দদি য়াওশঙ হায়বহু লুপ্তাবীন শামু লোইবগুম্বনি, মবুক চাউই, শেঙ্গাও লাকই—, অঙম অরাই খঙদে, ফুরিংখাও চপ্পি, চেন-চোংগল্লি, এক্সিদেন্ট থোকহল্লি—, য়াওশঙ-মতুং পদ্রাক তানৈ মশা মক্কিমরোল ফুরিংখাও— !

হনুব ঃ মৌনহা মচাশিংদৈ পাক্টথুম অম তারগ ঐগি কুইজ ল্লাহং অহানবা হংনীংলে।

মৌ ১ ঃ য়াওশঙন মীতৈগি খ্বাইদৈ মুংঙাইব কুম্মৈনি উঝাবু।

মৌ ২ : করিগিনো হাযববু মীসু শেনসু খর লমহেল্লবসু উকাবু…, যাওশঙন থৌনা পীবি অতাংবা খুদোংচাব (ময়াম খুবাক হৌন) লাবৈ লাখূপ ল্লা খর ফংনৈ।

অঙাং ১ সাকা কেকুলোংপি ! (খুবাক)

হনুব ঃ লাংখিনু, ফুবিনু, মীংখা তন্ন ঙাংবগি অধিকার ওইবাই—। মুন্ন তাবো হুজিক—কুইজগি ল্লাহং অহানব ঃ অতু ঙৈদৈ হুজিক-ফাওবদ মীতৈ বাওশঙন, মুংশাদ ফৌব হৈবিগুম খুইজিল্লইবসি, মপুংফান ক লকান্দ, অবীব পোং লীভম ম্যুজিয়মদ থমজিনখিনব্রা ? ল্লাহংসি খুম্নব যাওশঙ্গি থৌদোক খর যেংশি তাসিকো।

( Gay musical background of ফৌগু ইশৈ )

মৌ ২ ফৌসু লরুবদ শরুপদ ঃ

মৌ ১ ঃ লম্ফেলন নাওল্লা — কৌন্থীরৈ
যাবল পাৎতা — ওংলুবী
ক্তীনফাবু চীকই — হল্লকপী
কৈশামপাংতা — শাংলুসিহৈ
মী-যাম্ন তাবা — সহবনে
ঈশিং অকব — থরুনি
মাই মাই — ঙমজরোই

মৌ ১ : লম্ফেল পাংন — মুংঙাইজৈ
১ ঃ হৌদোং থাদোকফম ওইজসনু

১ঃ কৈশামপাংতু — কিজৈনে

১ঃ নিতাইবাংকি — চুথেক্ক

১ঃ তুৰ্কি সিফাই — সগোল্তোং

১ঃ পল্টোন লৈয়ে — অঙাওব

১ঃ হরা চাব . — লাকপদ

১ঃ কোম্বীরৈ শাংপ — উখ্রবা

১ঃ পদং-পদং — থদংপি

১ঃ থেংতুনা পুগে — হায়বনি

১ঃ কোযেং আজমেরী মতোন্দা

(offthe mike কৌবগা রাবীশাব )

লৈশাবী ৩ঃ ওহ—ইচে চন্দ্রমুখী ! ননাছু পঙলব্রাও ?

মৌঃ হাও কনানে। ? ফোঙ্ত লরুরিযে।

লৈ ৩: ঐ কবোকলৈনে য়াওশঙ মশেয়ে—, লংফৈদ শেল থাব-ক্রব্রাও ? ঙসিদি করি পাউথুম শেম্মবগে ?

মৌ ১ঃ হা হা হা— — হযেং খুংলবনি, নফি- জৈপুয লৈব নংনিযে-।

লৈা ৩ঃ য়াওশঙ মনুংদ - চানব - ফৌদি শুবগ যাওশঙ মমাংদ ইল্লব জৈপুর-গি শেলদি শিঙদব্রাও ? ঐ হযেং অমুক লাকনি, চেংছু তাযথোক্লগ লৈকনবা—।

মৌ ১: চাক্তি চাদব যাদে, নঙ জৈপুরছুদি ইন্দবমু য়াই-।

লৈা ৩ঃ কুংঙাইবিরেদা মৌ হনুবী-, নথোয়দি ফিবাং মতুপ অম ইল্লগ কোম্বোংদ ফিমুনব থাই-। ঐথোযদি খাই যাইস্ক ল. খবাই রাংখৈ লান্ন শাংলদোৱিবনে-।

মৌ ১ হয়েং মুমিদাংরাই শোইদন পীগে নওগি লুপা অহুমছু। চংলো কবোকৈস, শাওগংকনু য়াওশঙ ভায়বদি থরায় মুভাইন ঈশৈ ভংলগ।

কবোক (হনখিবদ) : সে যে ব্রজের মোহন চূড়া, রাধিকার প্রান ধন! জৈপুর ইন্দন ঈশৈ শুম শক ভাওহ্নগে ঐ, খাগি খাম্রও য়ৌন, নও কল্লক পেল্লোকো ইনম্মা চন্দ্রমুখী—।

মৌ ১ কবোকলৈ, নঙ্গি প্রান ধন গোপাল মচাহুন হয়েং মুংখিল নঙোন্দ পীবিয়ু হায়হুন জৈপুব অম খিল্লক্লম্মি। করিগি চিন্তানো ধনী রাই?

কবোক—অওইব্রনে—ইনম্মা? কৈদৌভৈ উন্নে করি করি হায়রম্মি? থাবল চোংবগি.রা রাল?

মৌ ১ নওন ঐভোন্দ শেল থীন থীন থৌবসিদ মান হায়রম্বশিংদো তমগদব কাউবনে। থারিকপুদি নওবুন যাম হেন্ন মুশিব-জাংনিদন।

কবোক অং অং করি করি হায়বগে?

মৌ ১ নঙ্গি অমদি অতৈদগি পুরুব শেল য়াওশঙমাওদ শিঙ্গদব য়াম্মন-হুন জ্ঞান মাংলি ঐ, কোন্ন রারী শাসি। নবুক শেংভি, নশক য়াম্ন ফজদ্রবসু রাশি লৈব নওন তেল্লি—অসিনচিংব—কোন্ন তমগে চংলো লংফৈদৈ মথোয মপান—শেলসু থারক্কে হাযদে মশাসু থোরকনি থাজদ্রে—

কবোক রারীছু ভহাক্ত শাসে ইনম্মা, ঐগি শেলছু য়াওশঙ মতুংদ শিঙলবসু য়ানিযে।

মৌ ১ হয়েং অনুক ওইন লাকও—য়াম্মে মাদি য়াওশঙ মতুংদ হেক্ত চেনীংবৈ ৱা হায়ৱম্মে i

কবোক অওইব্রাও ইনম্মা ?

মৌ ২ ( off mike ) ঐ হল্লগে চন্দ্রমুখী— ?

মৌ ১ ঙাইখো—লোইরে তিলোত্তমা।

কবোক ৱা অমা চিথহৌরে ইনম্মা।

মৌ ১ করি ৱানো কবোকলৈ ?

কবোক যাওশঙ মৈথা তুং পিচকারি লুমিংতা থাবল চোংসি হায়নবনে মাগ, অহু, থাউমৈ অঙানব ৱাইব ফ লবদি ওটোলোক অমত্তদি পূরক্লব হাযবিখো কো ?

মৌ ১ হায়গে হায়গে। ইম্মানী চং হায়নসি নঙস্ত লুংথিল তাল্লক চাকচাতোক মতুংদ ঙহাক্তং সং-হায়দোরকও। নঙবু কাঙখন শারিব্রা কোয়েৎ মচা শারিব্রা ?

কবোক কোয়েৎ মচা শিংতহুন কাঙখন ঙাক্ত হোবে।

( অৱাপ্পদ অঙাং ১ নিঙাই ঙেং ঙে তায় )

অঙাং ১ ইমা ইমা ! চরা ৱানগে হায়হুন অঙাং কপহৌরে, চাক থাকহৌব্রা চকুদ ?

মৌ ১ নফি থম্মগ চকুদে থৱ খিদোক্লগ পীজরু। য়েঙ্গাং লৈহৌদবনি, পৈশা মতেক অমা পুৱগ বোৱা লৈবিক, মোন মথাদ শের্ল লৈহৌবনি।

অঙাং ২ অদুদি ইমানী চরা ৱানমিল্লগে ?

মৌ ১ হোয হোয —।

অঙাং ২ বাক্সিবু কৈদৌডে থোবক্কনি হায়গে ইমা ? মীগিদি ফনেক ইন্নফি, মোজাফুরিংকা য়ান্ন লৈনখ্রে।

মৌ ১ ঐথোয়গী লৈকর নি. হয়েংমক শোইদন ইবোমচাইন মোজাফুরিং, ফৈজোম মপাম হিগোক, নহাকীন ইন্নফি জৈশুব, শালুডাংগি ফনেক। মপান হুন্দোক্লম্ব নমা ঐদি, নপাতোন অম খৈদেন্দৈ ! (ঈশৈ ওইন)

অঙাং ২ তল্লি ইমা অহৃদি—! এঃ এঃ—

মৌ ১ ইমানা ফাগি তৌবনি, লংফৈ চংখিবপুম্বা য়াওশঙ নঙনব থোরক্লব ঙাক্লি—, নপাম্থ শোইদন থোরক্কনি। থোরকতব থোব্রগন খৈদেন্দৈ থিকব ফংগদ্রা খন্নবনি।

অঙাং ১ খৈদেন্দবু নিপা য়োনব্রাও ?

মৌ ১ ফাগি তৌবনি য়োন্দে চংলো। ইমা (তিলোতমাগী নোকপ যাওই ) চে. খপ্লকখিগে।

অঙাং ২ ফৌ শুরগ রারী খপ্তৌরিবনি খঙিঙ। বাক্সি হল্লক্লগ তমগনি।

মৌ ১ তমদৌব ওইবদি খৈদেন্দৈ লৈরুবগ যেন্নখাদ থুম্মোক্ল উপ থমগে। (নোকই) (ঈশৈ ওইনা মখা )

মৌ ২ কমদৌসিগে হায়মি ঐবু, ইতা চন্দ্রমুখি—?
হন্দকমুক কৌরক্লবদি হজিন্নরসিরাও ?

মৌ ১ হজিন্নব ফৈ, চান্নন খায়নব নত্তবনিন যাওশঙ হায়বতু হায়ব শাবনি —, ফিদ মুনবনি মশাগী পাক ফাব যাপোং নত্তে—।

মৌ ২ মহাক মৌনহা অমা কোইগে হোংনবি হায়ন তারম্মি,—যাবি-দ্রতুন হজিন্নসি হায়রিব-যাওশঙ মমাংশিদ : মতুই খর শাওনীংব জাংনি ঐ মাবু :

মৌ ১ অহু ওইরবদি ইতা থাংখো। লাক্লখো শ্রীমতী, সেয়া শক্তাহুনস্থু চন্দ্রাবলী কুঞ্জদ বাশী খোংলুবিরা ওইরেকো! য়াওশঙদ কেন শেং-ইন-মখোয়গি পাউদরকাহু ফরাংদ শুল্লু হায়রদৌন থাজিন ক্কা ঙাংশং ঙাংন চা পাখঙ মচা ফাহুন পায়রগ মমাংদ থেক নৌন—চোংউ।

মৌ ২ ঐস্থু অহুম তৌগে খন শারী মতেক্কা লৈরুরবনে—অহু দি মাইবীশেন হুল্লুররোই—. ফি-বোল অনৌ অনৌব মচু মচুগি শেং,—মাইমীৎ য়েক তৈ হোৎনরগে, অহুঙৈগি চিত্রাঙ্গদাগুম।

মৌ ১ নঙন থাবল চোংলিউে, নখুং তাপ পায য়াওরবদি

মৌ ১ থোক থদং ফম লৈথোক্কনি সখী ( ইশৈ ওইন তৌব )

মৌ ১ কবোক হৈবোক, অথুম অগাও থুম্মোক অম লৈরুরগ হায়জ-রবদি কনদৌব তায়?

মৌ ২ অঙল লমন থাবক হায়হল্লো অমুক নৌন কুঠি যেংনরগ লৌন লৈনসি হায়গনি।

মৌ ১ মশেম য়াওশঙ ফাওবা ঙাযঙমত্রবী নঙবু কালেন তৃতীয়াদ হোংব তাববদি ঙাযব ঙমগদা ওইন চাওবী তিলোত্তমা (নোকমিন্নৈ)

সেকেন্দ ৪ তুমিন্ন—, নোংমুংশিং লাক্লে।

মৌ ২ ঐ চৎলগে ইতা চন্দ্রমুখী, নোংমুংশিং তৌদৌরমানে।

মৌ ১ হৈস ঙাইখো—ইতা তিলোত্তমা হুজিক নোং মুংশিং মত নত্তে, শিংপিরকউ হায়হুন—ইমানী চং কৌমিল্লখিসি—:

( লাংব লেপ্লে )

(১÷২) শকমিম্নৈ ঈশৈ :

ওহ্—ও—

খা্দ শিংলকপ অশিং-অরাম্বা—! শিংলু অরাংলোমদ,
লোইনখো ননাও অয়াংবস্থ—বাবোরা তেরোয়া।
খায়ন মৈরীন শঙঙাংলব আবেব পুখো ঈঙাংশং—
মমীৎত-চায়শিল্লু নিংশি,নব, ঙায়হৌবি যাওশঙ ইথৌবাং—
থীন্দন থুংলুয়ো নাগালেগু নাগাবালিদা—
য়েংউ মকোকচীঙদ উয়ানবরা ?
আসামদবু চেকশাবরা থিবকউ।
চিঠিস্থ পীবক্তে শেনস্থ থাবিবক্তে —
মচা চিখহৌবি কাউখবে।
মশা মবোমদোম চংখিবন
কনাগুম্বী হৈশিংবীন মখোঙদ কিবি
লফুচনাম, পুনঃবিদ্রা হয়িংখোইহুবো
চিংনবে পুক্লিংসে ঐবু
ভনিক ভনিক্লে কবম্নো ?
হিঙ্গোন্দ লৌবুক্ত শাংকাযবিব
হঙ্গাম হরাইথ্রাক মপান্ন
হাইন ভুন্ন লিবী শিংপ মালংবদ
কৌবিবকউ—হয়িংখোই কুরাকপু—
পাউমেঞ্জরি নাপ চিক্ল—
(মনপ স্থং চিংখং) ঐগিদি মপাদো কৌবিরুনি কনাম ?

( ইশৈ মকোক অমুক ঙংনৈ )

ইশৈ লোইখিবগ bus চংখিব মখোল তারি—, চীং-জঙলগি উচেক য়াযা মখোল।

অহল ১ (ঠিকাদার) ঙরাংযানব উঙ্গাউতু মশা অচৌবশিংত্থু কুকথংলগ, শামু যাওদ্রবস্থ খর চিংথোকপা থৈদোকপ ঙম্লিযে তাধন। উযানব নহাবোলশিংতু কবি হায়নখিবগে ?

অহল ২ ইবো ঠিকাদাব, থবক শুব কাংবু ৩-৪ দি চংনখ্রে য়াওশঙ মমাংদ থুংলুবগা পোং চৈ-ফিবোল লৈনীংই হায়তুন। কাংবু ২ ৩ লৈবি শেল শুন পীদে হাযতুন বেবা তৌব ঃ

অহল ১ ষ্ট্রাইক তৌনীংইব্রাও ? শেল খবগি ?

অহল ২ ষ্ট্রাইক তৌবদি থাজদে, লুচীংব যাওদ্রে। নহাশিংতুই মবক্ত ফিভম ফত্তুব নৌন উ যানবা যাওরব তোম্পোক হাযব চহি যাম্ব অমা যাওরি—, মীবুদি ষ্ট্রাইক তৌস খোমজ্রবস্থ, মহাক য়াওশঙ মমাংদ শেল শুন পীদবগি নিংঙাই খব তৌবি।

অহল ১ অতু তাধন চংলগ মখোয মযামতু হৌবিরুরো হযেং ইম্ফালদগি শেল থুংলরনি, হংচিং থোক্লসি, মশেম য়াওশঙ নোংম য়াংলিঙৈদ থুংলুনি, পোং-চৈ লৈব নংনি হায়বিক। তোম্পোক হাযতু মযুমগী ফিভম যাম্ন ফত্তে হায়ব্রাও ?

অহল ২ খর ফত্তে, মচা অনী লৈ, মুপীতু মশক ফজে মরাইবক থীতুন মঙোন্দ মযুম পাল্লকপানি। লুপা ৪০-৫০ দংদি যাওশঙ মমাংদ মযুমদ ঙায়নবমদোব অতু নংহল্লিব জাংনি। মুপীতু চন্দ্রমুখী কৌই। ঐ কৌথেকউগে।

অহল ১ নহালরাই তাম শান্নবদস্থ শেল খর মাংগ্রমানে—, য়ারেমখৈ শূ ক্তাল্লগ ফমহুন শেল মাংহনবস্নিদি— !

Noise of moviug train, a whistle fades out.

পাথঙ ৩ (তোম্পোক য়ু ঙাওয়ব )

রেল গাড়ী চৎলিবসি কদোমদনো নথোয় খঙব্রা ?

পা ১ : ডিমাপুররোমদ , থবক শূক্রসে চৎসে ঐখোয়স্থ হুংচিংতি তোংলদোবনে য়ুম য়ৌনব—

পা ৩ঃ নথোয় হংচিং চৎলো ঐদি ঙসি চৎলে—

পা ২ঃ তা তোম্পোক চৎসি উ য়াল্লুবসি, লংখৈদ অহুম—য়াওশঙ খৈরেংক্তুরেং ঙায়লৈব হৌনদে অঙাংস্থ নত্তনা— ।

পা ৩ঃ ঙাওব নক্তেনহে ঐ জ্ঞান ত্যাব্বিবনে—,

ইচাগি মুপীগি ফিরোল য়াওশঙদ শেৎন চানব লৈব ঙমদব থবক শূবগ অশূমন লুপা ৪০-৫০ দং য়ুমদ থাজখিগে পীয়ু যাদব ঠিকাদারস্থনে—ঙাওরিবদি—।

পা ১ঃ হয়েং হু'চিং শেল থুংলবগ পীনি হাযরি শাওখিন্নু তা-তোম্পোক—।

পা ৩ঃ যাওশঙ হৌগ্রগ কৈদোদোবিনো আবেব, মমাংদ শেল পাংনে ইচাউ ফিরোল মোজাফুরিং লৈনব— ।

অহল ১ ইবো তোম্পোক শাওস্থ, হয়ে় শোইদন নঙ্গি ৪০-৫০ অহুদি ঐ পীহনগে লাও উ অয়ানবহু মশা ককথৎলুসি—

পা ২ঃ শাওদে তাধন ঐ কনামতদ শাওজদে—ঐন শাওবিবদি ঐগি লাইবকসিবুনি, নহাল তাস শান্নবদস্থ মতম চান হুরা হেক্ত চ বিবক্তব, মীন পুনখিরমদাইদ হুবী শং কাবকইব—শেল

মাংহন্নব। য়ুমদ য়াওশঙ নংনীংবী রেল গাড়ী, আদ চৎখ্রে—,
ঐ ভাবন তোংগ্রবনি হল্লে য়ুম য়োন্নগ ইতু ইচান য়াওশঙ
থুংলরে হায়দুন য়ো য়ো হরাও হন্নাও চংলক্কনি। ঐন মখোয়দ
ৰুন্নি পীরুনি ঐগি লাইবকসি মচেং অম থুগায়রগ পীরুগে।
কোক কোক মকোক্কু শুজে, অতৈন খান্মি।

অহল ২ ৰুন্নিনো করিনো—তা-তোম্পোক?

অতৈম্ব নুংঙাইতে, তাতোম্পোক অহুম্ন তৌব হৌনদে। সে নুংঙাইতে
তৌনো—ঈ থোক্লে—সে ফাজিন্সে।

অহল ঐ ঙসি শোইদন ঠিকাদারবু নঙ্গি শেল নিফু য়াথেদু পীহনগে
ইবো তোম্পোক অহুম তৌন্নু। ফিজেৎ অমত্তং থিরকউ ঈ
খর থোক্লে য়েৎসিল্লু। তৌরন্নু অহুম্ন—ঐ ঠিকাদার কৌরুগে
নঙ্গি শেলদ পুন্নুন লংজুন ওইববসু পীহনগে।

পাঃ ৩ ঠিকাদারগি মবাল নক্রে, তান চাদব হায়বসি হৌনৈ—ঐন
শাওরিবদি মীঙোন্দ নক্রে—ঐগি লাইবকসিদনি, মতম চাগ-
ন্দব ঐ যাওদন রেল বস থাঙ্গে হয়েং মনিপুরদ থুংলুরনি—
"বাজি ঐগি যাওশঙ করি নৈরক? হ'লম্মি।

( মকোক উদ থেংবৈ মখোল তায় কাক কাক Pathetic
music fades out —Silence 4 Seconds.

হন্নুব নহাশা! নখোয়, য়াওশঙ ইখো মরাঙ মরমদ খর উরে তাবে,
হায়ব ঙম্মদ্রা হুজিক—য়াওশঙসি কুইর কুইরগ হৈবীদোন
খুইজিল্লক মক, ফারগ Museum দা থমখিদ্রা নত্রগ অঙাংন
শান্নব প্লাস্তিক বেলুনগুম কাম্ম-কাম্মগ চাউথোরকখিদ্রা -

অহল ১ঃ—য়াওশঙসি মাংহনবন হেল্লি হৈবীগুম খুইজিল্লকখিনি

নহা :— কদাযদৈনো ইপল, যূ স্বান ফগংনবকপগ লোইনন যাওশঙদি বেলুনগুম চাউথোরকখিনি।

মযাম বেলুন, বেলুন, বেলুন ... ... ( খুবাক )

হন্নবা ফবে ঙাইখো, মথ'দ অনীশুব রাহং মুন্ন তাবো ঃ

নিংথৌবেনগি শগোলদি মমৈ গে গে লাওবনি, অঙৌব, স'গা'ন তো'ববা ?

যাচ'ন যাওদন যাওশঙবু যাঙন থৌবদি নমাই তেক তাবোইবা ¿

( থাবল-চো, মনীল - ধ লোক বাশী, ছবীক তপন নেমন

Fades in

হবি হবি বোলা ? (খুন্বা) হে—হোবি—

মতম্বু কুইন ঙাযনব তুংদ

যাওশঙ মৈজাউ থাবেদো—

থোইদো—লাইমন তাঙ্গোই ওন

ঙসিদি খঙনি শরী শো

পা' খুজেন পালোই নব্বি ঙৈ—

থাদোক্রবোই থাদোই নঙ

ইন্নুংন শোবা তৈদ্রিফাও

নহান মখে কেকু লোৎলুবি

পাখঙগ থরাই কম্বিদ ঙৌ

নুংশিব খঙদবী মীরৈহৎ—

পোখাব যাবোই থদংকন্নু

নুপি খুদাবু তংলেহৈ কবোকৈ

অমুক্তদি থাদোকখো

| | | |
|---|---|---|
| | ফনেকপু কোম্মে | শেম্মুখিগে |
| | খোঙ্গ্রাও জীনবু | হোংলুখিগে |
| পা ঃ | থাদোক ভম্মোই | লীন্দাওবী |
| | নরীনবু চুম্মু | ইম্ফাল তুরেল |
| | লৌবুক্কি কেনেল | ওইর'স |
| | ঐখোয়দ কৈদৌঙৈ | চেল্লসিগে ? |
| | য়াওশঙ মতুংদ | চেল্লসি |
| | হোয়বু হায়রম্মু | হুক্কিকমক |
| | নত্রবদি— | থাদোকলোই |
| | নখুংন তংকে | তংসন্ন |
| | অতংপ নখুংতু | পুখিনি |
| নুপী | অয়ো ইমা | থাদোশো হাযমি |
| | তংলে তংলে | কৈ খুজীন |
| | হোয়বু হায়রগে | থাদোক্লো । |
| | শিদৌ শরুক | লৈ হুকলগে— |
| | হরি হরি বোলা | হে হোরি i |

নুপী ময়াম—করম করম্ব পাখঙশি নো খুং তংলমনিদ !

( সেকেন্দ ৫ তুমিন্ন )

পাঃ ১ আদগিসি খুন্ন তুনরিবব্রাও লগাও খাওরিব্রা থাবল চোংভমদা

পাঃ ২ করিনো করিনো ?

পাঃ ১ কৈদৌনরগে ?

লৈশা ১ কৈনো তাচাউথোই ? কৈশৈন ভাওশিন্নরিনো? মুংদাংদবু লৈশাবী মমাযদ থাবল তৈব্রাও ? করি শারে মায়সে আবের চোংগে হায়হ্রন কেরেমথৈ লাকচরগ শক্তামক্ত পিচকারী মানবনে।

পাঃ ৩ (ঈশৈ ওইন ) করিনো কেথবী ভাল্লব উতোং-থাউমৈ মৈভান-সিদ, অহৃক কেন মচুম তাবমথৈ রাওশঙ চোংব লাকইববু আবির পিচকাবী মমি তাহন্দ্রন মতৌ মানগদ্রাও ?

( তুপ তুপ ফুনরকই, থাম্ব য়াওই লাংই )

১ থামদোকউ — করিনো—থাঙ-তেন পায়ননো

২ঃ নোংমৈ পাযরিবহ্ মুল্লো, থাবল চোংফমদা উচেক কাপ্পা লাকপ্রা ?

পাঃ (mike তা) Attention please লম হেনবিন্নু — সঞ্জাবুং নক্তে থাবল চোংফম শুমাংনে — । যাওশঙ হায়বসি নি থৌ-বেনগি শগোল মমৈ গে গে লাওবগুম্বনে—. য়াচল যাওদন সগোল অভাওববু শদিংদ য়াঙন থৌরবদি—মাই তেক তারক-ওইদ্রাও ? ফজন চোংসে—

থাবলচোং মখোল band party যাওন fades out. Silence 4 sconds.

পাঃ ৪ Let us go then, you and I, when the evening is spread out against the sky like a patient etherised upon a table :

চংলসি অহৃদি ইমানী, নঙ্গ ঐগ মুংদাংরাইবু শন্দোকপকান অতিয়াই মাইয়োক্ত—অনাববু শিখহন টেবিল থক্ত থম্বগুম

Let us go, through certain half deserted Streets the mnttering retreat.

The restless nights in one night cheap hotels চংসি ইবিঙানি, মীয়াম তঙখাইন থাদোব্রম্ব শোঁড়োক্ত ফাওরগা মুরুম মুরুম শোন্ন চীকথনভনদ তুম্ব য়াখিদব অহিং কয়াই ব।

অহিং অমগী অহোংব হোটেলদ —

(knock at the door— কাক, কাক, কাক

কনানো ?—ক রগিনো চংবিরকও হৈমা ইনে বৃন্দাসখীরা ?

বৃন্দা (ইশৈ ওইন) নত্রবদি কনা ওইদগে মধুসুদন, লাইশ্রব নঙ্গি হৌন লীচংলা মহুবু— ? থাবনবু ঙমলব উতোং থাংমৈ পরে পরে ন সুমাংতু ওলহোরে রাসমণ্ডল ব্রজবৃন্দাবনগি। চোংঙা তেনরা, কোকিল কুজিত কন্থ খোঞ্জেন্দগি হেন্ন হৌব,—হেন য়াকপ মাইক্রোস্কোপ্প পংক্তি পংক্তি, লাইশ্রব মধুসুদম নঙদ কৌনহৌরি : কৈরোই লৈকাই অহল লমন অনা-অয়েব উতুপ থাংতুপ, য়োংখোক তেঙখোক পায়—কনান খিল্ল উরাউবীনো উতোন্দকা থিগংনগৌরে। চংসি লাও হুজিকমক

মধু ঐবু ইনে বৃন্দা, পরীক্ষা খিংত ঙায়রহুন কোক ঙাওবখৈ লাই রিক খর ঔরাইদ য়াদহুন ছুটি শোরম্মবনে, মাইকতি রাইর থারক্কে ইশাদি মাপ তৌবিয়ু হায়রম্বনে অরাম্বম রাধেদ মা তমদ্রাও ?

কৃপা তৌবিয়ু ইনেবেম্ম বৃন্দাসখী, মাংব তারে পরীক্ষ ফেল ওই, লাইশ্রম মধুসুদোন অপঙব পাংদব ওক্ত নহাি

  

নচা নচন থাজরুদু মঙ্গোন্দ। লোইবে মাংলে শিবন ফরে ইনে ইবেম্মা! মাখ তৌবিয়ু নয়া ঐগাকপু, শাওহনবিগনু অরাম্বম রাধেবুসু। কুমশি য়াওশঙসিদদি নয়াদ ছুটি পীনবিয়ু।

বৃন্দা। করি রানো মধুসূদন—, নঙ য়াওস্রবদি থাবল চোংবদ মহাকসু য়াওরোই হায়রুন—মাংগোন মাংশোক্ত সুকথন ফম—, নঙদবু ঙায়হৌরি অরানবী রাধে, মমীৎন কিরু কিরু নঙবু কদোম চংখ্রে য়ে জহুন—। অতুঙৈ শ্রীমতীন তৌখিবগুম—

পশ্যতি দিশি দিশি রহসি ভবন্তম
তদধর মধুর মধুনি পিবন্তম—।
নাথ হরে সীদতি রাধা বাসগৃহে—।

যেংজরি মাইকৈ শুন লৈবমগবা মবুংঙো—
মমায মাইথোং থুম্নবগি খোইহিদু চুপহনজনীং—
মবুংঙো হবি চাকহৌবেদা রাধাদো—
ইমু দ চমম্না—।

হৈ, লাক্রো কান্নরোই লাইশ্রব মধু
ঙহাক্তুং চোংলম্মগ চেঙ্গখো শং।
ইশেন্সতা ঈকম্পগা পাউদবন তৈথোক্লবী
কেংথরবী অরাম্বী বাধেদো
কনামতন চিংথোক যাদন উখোকতেন্দা
কোন মাঙ্গোন্দ লৈহৌরি নঙবুদ ঙায।

মধ অতু ঙাযরে ইনে চংসি, পরীক্ষান পরীক্ষাই থোকপ—হাযতুনি।
( থাবল চোং মথোন, বেন্দ কোম্ন হুইখখি সেকেণ্ড ৫ তুমিন খোন্নেমদ রারী শা— )

রাধে কবিগিনো লোং লৈকরিব লাইশ্রম হৌনবিরা ?

মধু শাওগন্নু রাধে, পরীক্ষাই লাইরিক থব পাদব যাদহুন—অহুবু নপাউ থারক ইনে বৃন্দাদ, লাকচরিবসিনি।

রাধে ঐদি যুমদ লৈব য়াদ্রে, ইমান তকশিল্লক্রে মযা লম্বম নোংবানশা খোয়দ চেনংো হায়বে !

মধু ইশ ! অহুদি করম্মো ?

রাধে কবম্মো হারবদি ? চেনগো হাযব্রাও ?

মধু নত্রে নত্রে—!

রাধে অহুগ নঙ্গ চেনব তাবে, ঙসি হুজিকমক—। লাকও চৎসি, লোন্ন মাংখ্রসি।

মধু হা ! রাধে, হুজিকনক—, কদোম চংকনি থাবলগি মীযায় উদনব ?

রাধে লাও, রাপন মবক্ত লিংখিসি।

হুইথখি থাবল চোংব বেন্দ মখোল। ফাওজিল্লকই হলি পার্টি মখোল সেবেগু ৩ তুমিল্লা—

হোলী ঈশৈ ঃ

ব্রজগোপ গোপী মচাশিং
শান্নখি হোলী ব্রজবৃন্দাবন্দা—
আবিব তৈন পিচকারী কাপন—
অঙাং অশং য়াঙং মচুন পুমরাও
অঙকপনি তাইবং পুক্লিং অঙাওব
নমথক জিজযদ নুংহুন্ন দাং

গোদ্রোং গোদ্রোং লাওহল্লগ
মুংঙাই ঙম্বা জা জা নোক !
মতিক লৈব নাপনব
অঙম অথৌবু থীন লক্ল
ফেরেং যুরেং য়েকশিনবি
ফাক ফাক নোক্ল মুংঙাইঙম।
লাওই গাইনৈশা হোলী শান্নসি
তাঙন ফংজব কুমশি মহৈ থুম—
লাইসেন্স পাযবিগী ঙাওগৌসি খিংতং
শে—শে শেবোতী—শে
অবাম মচা ভাবিনী নীংতেকপি—
তোংখৎলু বসতা শাবি শানৌ
হোল শকউসি, পেন্ন চোংলুসি
নাম্বু যেল্লুস রাধা গোবিন্দ
মনিপুর পুম্বা থুন কোইরুসি
ঐখোয়স্ থরাই মকা লামহৌসি।
( বস গাড়ী চৎখি ) সেকেণ্ড ৫ তুমিন্ন—

নুেব নহাল বস তোং হোলী পাটি অম মনিপুর কোইনি চৎখিবহু কযানি মাংউবে ? কন্দায যৌবে হাযবগে মখোয়হুবো ?

অহল ১ [illegible]ম্মি মবীনি নাম শোনব চৎলুবহু থানাগি Lock up তা শরুব থরদি যৌবরুমানে।

হনুব মতা চাদ্রবদি থরদি জেলদ বেস ওন থাবল চোংলব য়াই ' অহল ঐখোয় মীৎয়েং থব যাকই হাযরবস্ত নহাশা—য়াওশঙ

য়াচলসি খর চেংন খামদ্রবদি শগোল অরাংবদগী তাগন্দ্রাও ? মযাম তাগল্লি চুম্মি। ( খুবাক )

হচ্রব যাওশঙ রাহ্‌ং অমমশুব তারো মুন্ন ঃ

(শকতু) মিংথমথান রাওথোরক

পাংখোক্লা ঙল্পা লুংশিংন
অশিং অরাম্বা ওল্লগ
লমজাউ শোড়োকপু শিংপদ
চিংথ্রাও মপান্ন থরাউজী খোং
কুরাওন লাওবদ ঙৌরোক ঙাংশং
যাওশঙন শাংলিব মচু মচুন
মীতৈ থমোই মপান শা নত্রা ?
(মথক্কসি খো জোমপর্থব শৈশক্ক শকহল্লগ )

মানি মানি যাওশঙ হায়বসি মীতৈ থমোই মপান শাংপনি — মচু মখল মখান—

চানীংব চাব অহাওব
শেংনীংব শেংপ ফজ্জব
শক্নীং ঈশে হৌন লাও
থেক্নীং জগোই কেন শা —
মতম খরা নীংখা তম
য়াওশঙ মাগী থৌজাল ফং
কেথোক্ল হিংব নুংঙাইন —
য়াওশঙ নুমিৎ ৫ নীদগি
চহি ফান হরাউনীং
নুমিৎ ৩৬৫ নিমক য়াওশঙ ওইরসি

হয়াওন মুংঙাইন কেথোক্ল পাল্লসি হায়বদি ফোংন য়ানজ্রবন্দিন নহারোল লম হেনব কাংবুদি থনুংদ য়াওশঙ শাংথনব— মহুৎ করি নৈদগে থিরকপদ মখল মখা অয়াম্ব নেশা মৈথু মহী-মপং, হেবোইন, লিক্লী, কানীন চিংব ত্রগ মখল মখা অয়াম্বন চোংথোরক নহারোলদ খুংলাম তোয়ন কৌ— "য়াওশঙ মহুৎতি ঐখোয়নি হায়দব্রা— ত্রগ ময়াম্না—?

হল্লব মহুনি ৩শুব য়াওশঙগি রাহং।

অহল ২ রাহংসি নৈনব ওইন লাইরিকী রা ১ হায়বিগে তাও— নহারোলশা! "ভগবানপি-তা রাত্রৌ শারদোৎ ফুল্ল মালিকা বিক্ষ্য, রস্তুং মনোশ্চক্রে যোগ মায়াম উপাশ্রিতা"

ভগবান শ্রীকৃষ্ণমকসু শরৎঋতুন মাল্লিকাগুম ফুগাইন শাংতোক্লকপ মেরা থাবল্ল লুপান ফুদোংব অহিংশিদু উবদ, রাশলীলা শান্নবগে লেপ যোগ মায়াগি মতেংবু লৌবিখি।

অঙকপনি মফম মতমশী থৌইনশিন!

নহাময়াম: অত্তবুদি অহল, হুজিক কলিযুগসিদ মীতৈ যাওশঙগি পংউক্লেনবা অশিং-অরাম্বানি হুমলকপদ—

হৈনৌ হৈন্নীন মপান শাব উবদ
হৈখা হৈথুম, চুম্বে, মাল্হৈ—
হৈমাং হৈনীং হৈয়াই হৈক্রু—
কোমলা চম্পা মোলোম হৈজাং—
হৈনম নৈনম্মা মচু মচু উ—
খোইমু খোইঙাং খোইবীনিংথৌ উনাখোই
চরোই চোংঙা, মীতৈ কাক ময়াংকাক

খোইনীং উতীগ্নাও উতুবী ভারাকপী
উয়ে·কোম্ছৌ পিথাদোই রাখোক তেংখোক
সেন্দাং সেম্বাং চিং চিং খোং
তেনরা তুনিযান ঈরাং লাওঙ্গে—
তুই হৌদোঙন গো গো ঙ্যাও ঙ্যাও—
সন সগোলন মোমা নীংহে —
সজি সঙাইন নানৌ য়েন্নৌ থি —

(B): অতুম্বা য়াওশঙন খুংলাম তোই কৌবদ
করম্বা নহান পাখঙ লৈশাবী
ফিজোন হোংনিংঙাই মচু মচুনি
মিনি স্কার্ট মেক্সি মেদি
মোজাফুরিং টিসার্ট জর্সি জীন
শ্নো পাউদর পিশুম য়েক চীম্বান তৈ —

(C): কনাই হম্ব হন্থি হৈক্রেং হৈবোং
কবুলিয়া মেলেরিয়া তুনিযা দাইরিযা
য়েন্নীং হুন্নে মপান শাংলে—
শেংসি চাসি থকসি লৈরুসি,
পাম্মরুম্ব শেল চাদীং তৌনবনি,
অতুক রান শূকথ নোম্মুব, মুমদ লংফৈদ
কনাই মশুংলাংগিনো য়াওশঙ মাগি নত্তনা ?
( হোলী ঈশৈ শৈশক্ত থলোক রামতাল··· . )
(Silence 4 see.)

অহল ১-২ য়াওশঙ কাঙ কুম্মি ফিহোং অমুক অমুক্তা মনিপুবন বাজায়দ তুংখৎপ শেলসি ফনদি য়াম্মিনি।

২: ক্রোড় কয়াবু য়োৌবমনি পুনশিল্লগ মনিপুর ব্রাৎমদা থাখিব। মনিপুবী ঐখোয়ন চাউখৎপ তানবদ মীগি মতৌ তম-শেৎপ চাব থকপা হরাউবদ মাৎহল্লিবসি।

১ঃ মনিপুবদ শাব যেংতুম অমত্তদি ফি কো-নব, শাবান অফব অমত্তদি পাম্মি হাযত্নন খৈদেন্দ কারগা থিরুববু থিব ফংদে।

২ঃ ঙরাংদি মু শিবৈ মান আবেরখিংত নমগে হায়ত্নন ফাবেদ। মনিপুবদ শাব আবির মত্রবদি ঐঙোন্দ তৈবিম্নু হায়রুরে। মত্নদ মানি—মনিপুরগি পুথ্রী লৈখোম থাক কোংলগ মাইদ ফগাং রাই তৈথিববু ( মযাম নোকই )

কযাদি শাগুনীন মুংশিরে—

নহাঃ চেনব যাদ্রা ইপল?

অহলঃ নিপান যাওশঙদ চেনব হৌনব্রাঙ?

( পাখঙ অমন মাইক পায় লাওই )

পাখঙ ২ঃ Hallo! রাবৌবিব যাদে—লমজাউগি মতাইদ চংপিম্নু মোইবাৎদগি থারকপ মাইল ২৬ কি লমজেল ইম্ফালদ থুং-লবনি হন্দোকপিযু অঙাৎশা মতাইদ হন্দোকউ।

পাঃ কবিনো মুপীমচাশা! লমজেজ চেল্লকপশি দগি ফি মুনবা যারোই। হন্দোকউ মতায়দ লেপ্প্ন যেংও—। থুলবনি অথৌবশিং—, ওলিপিক লমজেন্দ যাওরনব প্রাক্তিস তৌবিবনে—এলাং, পেকক চারবসু।

অহল ১/২ : য়াওশঙ কাঙ কূম্মৈ ফিহোং অমুক অমুক্ত মণিপুরন বাজারদ তুংখৎপ শেলসি ফনদি য়াম্মিনি।

২ঃ ক্রোড় কয়াবু য়ৌরমনি পূনশিল্লগা মনিপুর রাংমদ থাখিবা। মণিপুরী ঐখোয়ন চাউখৎপ তানবদ মীগি মতৌ তম শেৎপ চাব থকপ হরাউবদ মাংহল্লিবলি।

১ঃ মণিপুরদ শাব য়েংতুম অমত্তদি ফিফোংনব শাবান অফবা অমত্তদি পাম্মি হায়হুন খৈদেন্দ কারগ থিরুববু থিব ফংদে।

২ঃ ঙরাংদি মুংশিরৈ মান আবের খিৎত নমগে হায়হুন ফাবেদা। মণিপুরদ শাব আবের নক্রবদি ঐঙোন্দ তৈবিমু হায়রুরে। মতুদ মান মণিপুরগি পুখ্রী লৈখোম থাক কোংলগ মাইদ ফক্লাংরাই তৈখিববু (ময়াম নোকই) কয়াদি শাওনীংনা মুংশিরে — —

নহাঃ চেনব য়াত্রা ঈপল — ?

অহলঃ নিপান য়াওশঙদ চেনবা হৌনব্রাও ?

(পাখঙ অমন মাইক পায় লাওই)

পাখং ২: Hallo ! রারৌবিব য়াদে—, লমজাউগি মতাইদ চংপিয় মোইরাংদগি থারকপ মাইল ২৬ কি লমজেল ইম্ফালদ থুংলরনি হন্দোকপিয়ু অঙাংশা মতাইদ হন্দোকউ।

আ ১ঃ করিনো মুপী মচাশা — ! লমজেল চেল্লকপ শিংদগি ফি মুনব য়ারোই। হন্দোকউ মতায়দ লেপ য়েংও। থুংলরনি অথৌবশিং—, ওলিম্পিক লমজেলদ য়াওরুনব প্রাকত্তসি তৌ-রিবনে এসাং পেরুক চারবসু।

মযাম : থুংলবে—২ থক মথং মথং—( অরাপ্পদ-হোলী শকতুন Party অম-চংখিব মখোল তায়— )।

পা ৩ ( মাইক্ক লাওব ) হেল্লো, attention please. ঙসি মুংথিলদনি কাংজেবুদ মীতৈ পাথঙ লৈশাবীশিংগি Sports কি মনা যেম্হোক্কনি—। মহু লোইবগ—Cultur al show কয়া—উংকনি। মীংযেং তাবিহো—।

Sports অমদি Per Forming orts কযাবু থৌগংপিযু মতেং পীবিয়ু ( Lilting music fades out )

অঙা ২ : য়াওশঙ লোইখিদৌসি পাম্মুইদা !

১ : লোইখিসন্নু লাংমন্দুন লাইবিক পাব যাদে—। চামন থকমন্দুন পুক নায়।

অঙা ২ : নঙবু কনান যায়া চাউ থকউ হাযগে ঐদি পৈশা— তু।

অঙা ১ : ঐদি লোইথোকত্রে। মথাই অমত্ত পীযু পাফর লৈরুগে ?

২ : তং নবুক নানি। চাদৌশবক লাইবিক ঙবাইক চংলু।

১ : হোবেলদি লাইমাদ লীলা মুংঙাইব অম তৌদৌবি’ য়েংউব তাম।

২ : ফাগী লীলাদি যেংনীদে তল্লি, ঐখোযদি মুংথিল সিনেমা য়েংউনি। ( Lilting music fades out )

( মৌ ২ লৈশাবী থবগ )

মৌ ২ : রামত হংজগে মতমগি লৈশাবী শকহেনবী ?

লৈ ১ : তাকপিয়ু ইনে তাজরি ঐখোয়।

মৌ ২ : ঐগি ইয়া মিপা থম্বো খঙব্রাও ?

লৈ ২ঃ খঙ্ডিঙ' খঙ্গৌদি য়াওশঙ হৈঙাল্লি।

মৌ ২ঃ মাগি ঘড়ি নখোয়ন মুলহৌবহু পীরো, হৈঙান কংঙৌ লৈছুন চানব শেল খর থনমগে কদায় ?

লৈ ২ : থানা লোইনবিরকপ্রাও ?

মৌ ২ঃ থানাই মহুংনি ঐ।

লৈ ৩ : মশা য়াওদ্রবদি পীজব ওম্মোই, মশা পাবিরকউ ! ইনেদৈ লৌখিব নত্তে ঘড়িহু।

মৌ ২ : ইয়াহু খর পঙঙে, মতমসিদ তৌবঙম্বী থৌনাফবী য়াম্ন থাদোক্লরবনিনা' ফাবিখিদ্রা চিংবিখিদ্রা হায়হুন কিবদৈ মশা চথোকহন্দে মাঙ্গোন উখোকতেন্দ পুন্দুন থমহৌই।

লৈ ৩ঃ খোন্দু ইনে লম্মাংদোঙ য়োৱে। মশাদ নত্রবদি ঘড়িহু পীব ওম্মোই। মতমসিন তৌবঙম্বী থরাইরাকপিন মীহুং শাব হৈনরবনিন।

মৌ ২ঃ শেল কয়া য়াম্ন পাম্বগে লৈশাবীশা ?

লৈ ১ : শেল নত্তে ঐখোয়ন পাম্মিবসি' ঘড়ি মপু অশেবহু থাবিরকউ ইনে।

মৌ ২ঃ নখোয় মঙোন্দা ফারগ লৈ হুকে হায়রিব্রাও ?

লৈ ২ঃ মচীন য়াম্না থীরম্মি, মচীন্দু ফজনব তেনরা মচীন খর তৈবিগে তৌবনি। ( লৈশা ময়াম নোকই )

—Musical Interlude—melody—fades out.

পা ২ : নোংজবীন নোংছুপ্ত থোক, য়াওশঙ থাবনি মৈঙাম্ন নমাইদ য়ৈ, শালুঙাংশেংপী নঙবু অহানবা হেক নোংথাংকুপ্পগুম ফেং

উখিবহুদৈ তাইবং পামগি পোং অতৈ পু'। মীংতা মমি তাখিদে। মথ গি পিচকাবী হুমিংত অগুক উমবদ নঙন ঐঙোন্দ লাইবক্ত আবিব খিংত নম্বিগে হায়জি. য়গ নখূং অমোনবন মাইদ তৈবিখি। ঐন প্লান মাং মীং উইশিন নশক্ত. ধ্যান তৌদুন লৈরিঙৈ নমাম্নবী ময়াম্ন ফুবিংখাও হুমখি, কলম ঘড়ি .পাযশির্নবিখি।

লৈ ১ঃ তা থম্বো ঃ ওহ তাথম্বো! মুকম মুকম শেল্জুন ক ফান্দ কাবকইবহু মাইওকরা শান্নরিব্রাও?

পা ২ঃ ঐবু কোবি হাযত্তুন লাকচবিবনে। ঐখোয ইনেগা নহান খডিত্নগি খব লাওনগুবাও?

লৈ ১ঃ থম্বোদগি মুলহৌব ঘড়িহু পীয়ো, মহুৎত থম্বো কম্বোং হৈঙাং লৈবিরমগে হাযরম্মি। ঐখোয়ন য়ারোই মশাবু শোহল্লো মচীন খব থীরম্মি, মচীন্দ্ ফজনব লিপষ্টিক তৈবিগে হায়খিয়ে তৈবিযুরা? হা হা হা ...

পা ২ঃ য়াওবকপ্রা লিপষ্টিক?

লৈ ১ঃ ঐ চীনবানসিদ য়াওব্রাও? ( নোকই )

পা ২ঃ লরুগনু শালুঙাংবী' ঐগি থমুংসি উরবদি নঙ ঐবু কপ্পী়গনি।

লৈ ১ঃ থনুং উদবনিন মপান্দি যাম্ন নোক্কীংন শাংলে। হা হা হা

পা ২ঃ মীগ মীগ কৈদৌঙৈ তশেংন ভাব তানগবা! হে অঙকপা তাইবংপান!

লৈ ১ঃ তা থম্বো! নঙ থমুংদ করি লোংলিবগে?

পা ১ঃ শালুঙাং শেংপি অম লাংলি।

লৈ ১ : কনানো ঐ হায়রপ মানব্রাও ?

পা ২ : মানব নত্রে মানে নঙমক।

লৈ ১ : মহু ঐ নত্রে য়াওশঙ লৈমনে খঙঙ্, পাখঙ। নাওইতোং মপানগুং চিনবী। ( Sweet musical note fades out )

হন্নুব : নিংথম থান রাউথোরক—

পাংথোক্লাওম্ব মুংশিংন—
অশিং অরাম্বা ওল্লগ —
লমজাউ শোড়োক শিংপদ

চি থ্রাও মপান্ন থরাউজী খোং
কুরাউন লাওবদ ঙৌরোক ঙংশং
যাওশঙন শাংলিবঁ মচু মচুন
মীতে থমোই মপান শা নত্তব্রা ?

ময়াম : মানি মহু য়ানরে।

হন্নুব : য়াওশঙগি ময়াই কাংবশিন যাওশঙ মঙানীদৈ মুমিং ৩৬৫ নী শাংদোক্লীংব যাওই। য়াওশঙ মল্লুৎ কবিদ মুঙাইহন্দগে ? লিক্লী, কানী, হেরোইন, ড্রগ মযাম্না য়াওশঙ মথৌ পুহনব য়াগব্রাও ?

ময়াম : য়ারোই, মাংনবনি পুন্সি তেন্নবনি।

হন্নুব : অতুদি য়াওশঙগি ঈথীল, ঈরৈ, ঈরিল অকনবসি কদোমদ ঈথৈ পীরগ —খুন্নাইদ কান্নহন্দগে, মীওইববু চাউখংহন্নবা ? মসিনি অহুমশুব রাহং।

নহা ১ঃ লমজেল চেঙ্গোং শান্নব মখলমখাদ ইথৈ পীব চুন্মি। য়াওশঙসিবু খরন Family Planning গি মাইযোক্ত লেপ্লি হায়ডুন শাওনব যাওই। ( খুবাক খুই ) Olympic games ফাওব য়াওব ঙম্নব হোৎনসে ? অতোপ্পা ঈথৈ পীভম অমন ঈশৈ' জগোই Per forming arts লীলা কলা কলচর তৌবনি। ( ময়াম্ন খুবাক খুই ) মনিপুয়বু কলচর ওইহলসন্নু ( খুম্ব ) যাওশঙন !

— — — —

( Fades in হোলী on থাবল চোং মনীল )

যাওশঙ ঈবাং——খেবাং থাং,
যাচল যাওদন——থৌগুমসে।
খবরু হংসে ——শানৌখোই।
যাইফ যুগান——খুরৌথাং !
যাওশঙ ঈখিল—— ঈরৈকন,
ঈথৈবু পাংগে——কান্ন মাংকৈদ
পুক্রিং হকচাং——কলচবদ
তাইবং মীপোক——মহৈ যান্সে
মনিপুব কৈনো——কলচরনে !
কলচর কৈনো——মনিপুরনে !

The End

# লাইরিক দোকান কোইজং

## পুং ১ গি লীলা

## Characters in the play :

লীলা মীকোক :

১। তুভুবন, ( Writer of 3 books ; (i) Nuclear boomerang, (ii) Before the world explodes tomorrow, (iii) Letters from the land unsurveyed.

২। শোবাম রোজী —( . moon badge )—young, erotic in dress.

৩। উষন অম্বিলিকা —(1 star badge)—young in exotic poor dress—torn.

৪। ভবিষ্যতি—নিপামচা

৫। পুলিস—( পেনা চৈঙ্গীং পায়বা ) +Dog

৬। শেঙ্গাওশিং—a miser, মবুক কংই, মখোঙ প্ভিঙ মমিং মনা ক্কক্রে।

৭। হভোই—বৈতরনী হিরানবা—

৮। থম্নুং কিকোই লৌওনবী।

—×—

লমজাও মপান্দ বোবাখাও না ফি শেগাইবা য়েংদৌন শাব লাইরিক দোকান ১ লৈ। যোন্নব লাইরিক মথল ৫ থম্মি। মনাক্ত poster অমন advertise তৌরি। মমা দ বোবা অমদি লাইরিক্ক মোন শা তৃভূবন ফৈজোম ফুরিং ফাওবদি ডাওমান্দ শেগাইব অমনব শেং তুম্মি। ফান অকাযবা অমদ লাইরিক তত্তু খিল্লি।

## অহিং নোংয়াইনি।

তৃভূবন যাওল্লি কাঙন চিকপদ, নাখোল্লন তৃমথখি ভাবোক লোম ওল্লগ। অতাং হাফপেণ্ট শেং, বোজী টি সার্ট লিং, থা মচেং red back ground—বেজ থবাক্ত শেং boxing glove মখুৎত উপ তৃভূবনবু যেংনৈ, মখোঙদ নোম হোদোক্লৈ, মুংঙাইন তৃম্ব উবদ হৌদোকপ তন্দুন ঙাযরি মনাক্ত ফন যেং। মথ দ লাকই অম্বিলিকা থোঙ্গাও অমুব শেং টি শার্ট থরাম্মিচাক বেজ বোক্সিং গ্লোভ উপ। মুংশিদন যেংই বোজীদ মতৃ ওম্বোক ফম তৃভূবন্দ লুকথবগ মখদাং-মথজাই নোম্মগ হৌদোক্লৈ। বোজীন শাওরপ হৌগং নীংজোন্দ থিল্লি; মখোযনী শাওনতুন শীনৈ চোং ফন থমকা তৌনৈ। মমৈদ খব থিন্নৈ, অনীমক তুমিন্নৈ, হৌগংলগ অমুক থিন্নবব শেম শা চংশিন্নবদ "ঙাইখো" লাওবগ মমঙদ হৌগংলি তৃভূবন মমীং উইরি উইবি মথুং অনী তিংথোক্লন থামদোকই। মথুং অনিতু নাম নাম পাযবগা চিংনৈ মুন্নৈ মথোয়নীন। তৃভূবন লাওই!

তৃভূ: ঐ রারে, তংতোবে, খর কনবিযো! ( half pant শেং toy pistol পায় ২ রক হুন্দ কাপ ভবিষ্যতি ফিংন চেল্লক ঙক্ল য়েংজম্মগ )

ভবিষ্যতি ঃ Stop that nonsense, or die both of you. ( মখুং থাঙ্গং ২ দু কি ন লেপচৈ ) Leave him and get away. (অনিদু মতুং হন্ন চংখি। তৃম্মি তৃভূবনবু) কোক্লগ পুশিন হান্নগুম লাইরিক কোলহন মফমদ তুমহল্লি—ফি শেগাইব মতুপ অম ফৈজুপ শুপ্লিরক্লগ চৎখি। Tne prologue ends here. The dream scene to be enacted in red light.

## Scene—I

The cock crows—The music welcomes ruddy sun rise ; little birds begin chirping. তৃভূবন ফিংলপ হৌগং কোইন য়েংই, ঙকই, ফমথৈ মমঙ নিংশিংই—কোইজং চৎ হকচাং শাজেন তৌই—, মচিন ব্রশ তৌই, মমায তায় মচিন তেংই।

লাইরিক লোইশিল্লি, ফমুং কম্থোকই নাম্থোকই, Advertise শেমমি। ফম্মগ লাইরিক অদু য়েংই, মচেং মচেং পারগ হরাওই, নোকচৈ।

তৃভূবন : It is a mobile book-shop. There are three books on sale : No. 1. Nuclear Boomerang The enemy will be killed immediately and you shall suffer a slow but sure death.

No, 2. Before the world explodes, tomorrow Love and make life happy.

No. 3. Letters from the land unsurveyed' Love letters from the dead.

( কোকিল খোংঈ ২/৩ লক )

ভবিষ্যন্তি ঃ ( ট্রেদ ছোংত্রি মহি নত্রগ পেরুক কপ ১ । আলু অরোব খর চাপ ) Hallo ! Heavy water tea গরম চায়, ঠাণ্ডা বিস্কিট Nucl:ar food ! ( তৃভু লোংলি I am joking sir.

তৃভু ঃ Come on, thank you. ( Kisses him )

ভবি : Thank you sir, ( খজাই তৈথোকই ) ( চা থকই' তৃভু, ভাবন—লাইরিক পারি ফম্মগ :)

Science steals the secrets of nature
To feed hungry men and women with nuclear bread and butter
But the fools make of air radio-active poison
How absurd is the modern Homo sapiens !

তৃভূন ( তারগা খুবাক খুই ) : This hopeless world will end tomorrow. Come on boy let us start blasting the earth with Tandob dance ( খুনীংন লৈবাক তৌই ),

( তাণ্ডব জগোই শামিন্নৈ )

Against horrible musical back-ground, green light )

অনিমক—নীংদান ফম পোথায,

